দুঃ সিদবা

# রাহৌদোক।

মীতৈ ঐখোয়গী লাইনিং লম্বাগী লমজিংবীরম্বা নোঙ্গাঞ্জবা অহল ইবুংঙো নাওরিয়া ফাল্লোনা থিজিনবীরম্বা অমদি ইবীরম্বা লাইরবক অমা পান্দ্রুবদগী যেংলরকপা রাখল্লা। মীতৈগী ইপা ইপুনা থম্বীরম্বা মীতৈ ময়েক্কা ইবা পুয়া কয়াদগী ননাইনা থিজিন-খোমজিনজদুনা, খোলোন, পথুপ রাচেংলোন স্নামহি নিংবা পুন-সিরোন কৌবা লাইরিক অসি। বাঙ্গলা ময়েক্কা ইথোকচনা মীতৈ লেপাকি লাইনিংগী লিচৎ শাউংকী মরমদা, শেমগৎ সাগৎ-লিবা অথবা অহৈবা ইবুংঙো ইবেম্মা লাইরিক হৈবা লাইরিক হৈবী পুরককা। ইপা ইপুনা থম্বীরম্বা লাইনিং লম্বী লিচৎ সাজৎ লাইরেন লাইরবকগী লাইরিক হায়বনা, চুংশি মিৎয়েং তাবিদুনা পোকসিনফিরিক নিংজদুনা ননাইনা বাঙ্গলা ময়েক্কা উনম তৌজদুনা থাপাক্কা কচ্ছরি।

নোংলোল পথপ রাচেংলোল
স্নামহি নিংবা পুনসিরোন
লাইরিক অসি ঐন পোকপীরম্বা
পনথো তোলেন, পলেম ইমা তোন্নৈ
অনিমকী নিংদা কৈপাক্তা কচ্ছরি।

মীয়ামগী ননাই
নোংথোম্বম নরান
লুরাংশংবম।

লাইরিক মশিং —১০০০

ভুং লিখবা

অপোকপা মরূপকী মীৎত মরূপকী,
মীতৈ ময়েক শাজবা থোঁপুবা কাংলুপ্পা
পোইন্নু থাবুদা অমুক উনম তৌজবা

তাওথোং উশম অচাংমচা — লুচিংবা
ফুমলৌ চোনজোনবম কুলো — ভমথং
লুবা পংবম নোংথোম্বম নগান — শাংবা
কমেংশাবল শোইবম তোমান — ভমথং।

লুরাংশংবম

১। লাংজম চন্দ্রসিং
২। নোংথোম্ব ইন্দ্রমণি
৩। নোংথোম্বম ইবোবি
৪। মংসিঙাবম নিঙাইচান - পুচারি
৫। তাখেল্লম্বম নন্দান চাংজং

খোংহাম্পাং

১। কোইজম ইবুংহল
২। লাইশ্রম বোকুল
৩। রাইখোম বোকুল
৪। কোইজম কালা

কমেং

১। লাইরেনমযুম য়াইমা
২। লৈসাংথেম তুগে

হৈঙাং

১। হিরোম অবুং — পুচারি

থাবম লমথাই

১। তোংব্রম বীনো

চারাংদেং

১। পুখ্রাকপম মণি
২। থোনাওজম তোনসনা

থোইজুমান

১। উংজম ইবোতোন

পৌরন

১। ইরুংবম ইবুংহল

ঙাংখরৈরাই

১। মনিং মোইরাংথেম লুখাই
২। কুমাবম ইবোয়াইমা

মোইরাবুং

১। কোন্জম কুলচান মীতৈ

কোইরেংগৈ কৈথেল

১। ভংবম বীরা

কৈশামপাৎ লৈমজম লৈকাই

১। লাইশ্রম তোম্বা মীতৈ
(লাইতোম্বা)

# নোংলোন পথুপ রাচেংলোন

থুকমচৈ অপোকপা
লাইনিংথো যাইফবা
নরোংবা নতৌবা
থেংবানবা ওইরিবা

হু ঁ চৈই হয়া চৈ। নোংলোন পথুপ রাচেংলোন পুয়া অসি ইজগে অসোই অরান পুম্নমক ঙাকপির ইন্দুংতোগী মাইথোং থম্বান্দা ননাইবা হন্না হন্না থুকমজরি।

নোংলোন পথুপ রাচেংলোন কৌবা লাইরিক অসিগী মচুংদা লাইবং অমদি অচং চঙা পুন্নমক্কী লাম্নবা থৌরম্ব লাইরিক অসিগী মচুংদা লোইনা যাওরবনে হে মীওবা পংবীও।

লাই থিবিকপু লানবঁবদি তুমিং থা ২ না লানবীএ। লাই পুম্নমক নোংলোনদগী হৌরকপনে লাইনিংসিং চৈই কৌবা লাই মহাক্না লোইনা পোকখিবনি। লাইনিংসিং অতুনা চাবা চিঙ্খাকিতি ; মাইচৌ অমদি লাইনিংবসিংগী ময়াংথংনা। মীওইবসিংগী মসাদা চানৈএ হাইরমলে।

হে মীওইবসিংও পুকনিংচেৎনা তাবীও। মঙাং চেংলো শকহেনবনা লাইনিংপরৈচেৎপনা। লুরাংনিংথৌ পুনসিবগী মফমদা তাকপীরম্বা রানে।

হৌজিক্কি মরম হায়গে। মতৌসং লাইপক্কা লাইনিংসিং হৈই কোবা লাইনা লৈত্রে।

লাইরিক অসি তাগে অমদি মী মহাক্কা খংজগে হায়রবদি খৌরান থাগী থাবিন কুমিত্তা লাৎলে। হয়েংদি লাৎপা মুনিৎনি হায়বা অহুগী অহিং মুংথিন চুপনা থৌরাই পানবগী শাংগ হাৎফরোইয়ে খংবীও

হৌজিক্কি লাইনিংসিং হৈই কৌবা লাইবু খুরুমজহুনা ইজরক্কে; অমদি চাকচাদনা চাওবা ইরুদনা সেংবা কৌবদি করিরাবুনো। আ-হায়বা মমেক অসিবু শাইন শাইন য়োৎলু। চাক চাদনা চাওবা কৌবদি হায়রিবা মরম অসিনে। অমদি থুবী ২ মকপু মুমিং খুদিংগী চুপওঃ, অহুগা খাগী থোং ২ মকপু সেংহল্লু। মরম অসিবু ইকদনা সেংবা হায়বদি অসিবু কৌয়ে।

অমদি নুপাগা নুপীগা চুক ওইনিংঙদা নম্মিৎ মিংয়েং চুম্বীও কুংশা চাওগদ্রু। হয়ে' শিংদা শদৌথোংলোইয়ে মিৎ চেংকুপ শিরোইয়ে না-হু পংলোইযে খংজোওঃ।

অমসুং হায়গে। চৎপা খিবিক্কা নিংশানা মাংথানা চৎলু। লৈবা খিবিক্কা সোইরংদ ইদাবনে হায়বা খংওঃ। হৌজিক্কি অমসুং হায়গে। মাইপু খুৎ ২ না শুনলগা নিংশাও লক কামথোকওঃ। অদুগা খুৎনিংথৌনা নিংশা অহু লৌরগা, মিৎ ২ মকনে নাকোং ২ মকনে খোইনে নাতোননে নাখাংনে লায়শকনে। হায়রিবা মফমসিং অসিদা নম্মু হায়রিবা অসিবু লাইমিং লৌবা কৌবনে অম্মুমনা লাইমিং লৌবিগদবনে খংওঃ।

## নোংলোন পথুপ বাচেৎলোন

অমস্থং হায়্রগে। নোংমদোন্দা হাকথি ৬ লক থনতোকওঃ। লোক থুরোইদবনে লোক থুংজোয়ুদবনে খংওঃ।

অমস্থং হায়গে। শালান কৌবদি হকচাংবু কৌবনে। হকচাংবু রাইরাশা কৌয়ে মিবু হুয়েন কৌয়ে লৈবা খিবিক্তা মিবু নংগী য়েংলোমদা পম্মু হসিবু ঐ মশক পংবা কৌবনে খংজঃ।

মরম অমস্থং হায়গে। নোংদম্বা মপু লাইনিংসিং হৈই কৌবা লাই অত্থবু। নোংগী মঙম অমম্বাদগী হৌরক্তুনা লৈবা খিবিকপু মহাকনা সেমলে। মরমদি মহাক্না নিংশাবু কামথোকলক্তুনা মহাক্না লেংহনলকই। মহাক্না লৈরম্বা অমম্বা উদবা মফম অত্থবু। নিংশা হোললিবগী মস্থংদা চংংরে, লাই অদুনা মস্থংদা চাপ্রবগা মহাক অদো কংরক থোবলকই। থোবলকপা নিংশা অত্থবু অঙায়াই হায়না মমিং অসি কৌরে। ঐনা শিংনা মস্থংদা চংকে নোংগা নেংশিংক ২ না পুন্দুনা শাই হায়বগী অসিবা কৌয়ে। মীওইবা খিবিকপু ঐনা তিন্দুনা শাইয়ে হায়বগী মী কৌয়ে। মী মহাকপু ঐনা থাংতুনা পুগে। থাংববু য়াদনাদি লোইবা ওমলরোই অসি হায়না থন্দুনা মহাক্না মশিং ৫ স্থনা হাপগীদনা মী ওইনা লৈরিবনে। মমিং হানা চিংনা লৈবা খিবীক পাংলে। মমিং থা ওয়বদি মিৎ ২ মকপুনে হায়রিবা অসিবু থরাইনে। থরাই মহাককি মশিকপু হাইগে মিৎ ২ মক উইশিললবগা মমই পাংথোকলবগা ওললি। কয়াদ' চাওথ্রবনো হে ভাইবং মীওইবসিংওঃ। মহাককি মমিং ২ গী মতিকতি থাংদনা মমিং থাগী মতিকপ রাক্সিনরিসিংদো করম পংবা মীনো

-মিৎ ২ নিমকনা পুরিবা মতিক্কি হাইতনা ভমলোইয়ে।

অমসুং হায়গে। নাকোংসু থরাই অমনে মহাক্কী মতিকপু ৎয়গে: না-পংলবদি মপানগী খোঙ্গেন ভাদাবু বয়াম্পগি মতিকনো। খুৎ ২ মক্সা থরাই অমনে। খোং ২ অনিমক থরাই অমনে। মঙামক্কুগী থোইনা খাদি নিংশানা অথোইবনে।

হৌজিক্কি মহাক্কী মসম হায়গে নাকোংগী থরাইদি খোই-দোনে খোইদো মহাকি কবোইহন্নানে। মহাক্কা হ্রাথন্দি অণাঙবা কল্লকপা কনজাঙবা অসিনে। মিৎকী থরাইদি খোংশাবীনে লাইদি অপানবনে। মহাক্কী হ্রাথন্দি থোইরাংবা মীনু থোঙ্ঙইদবা অসিনে। অসুমনা মরোন অমা অনি পোনযে। থরাইগী মমিংদি য়ামমে অতুবু অনাতসু মঙায়রে। অতগা চাঙবসু তায়রংপান অসি থম্মা চাঙয়ে। অতগা পীকলবসু শমনা অমনা মসুং ৭ খাইদোকলগা মসুং অমগী মতমদা মঙায়রে। চাঙবা হায়ববদি তায়রংপান অসিদা মীনা হিংবা। থঠৎ চৎতা লেংলি পানলিবা অসি খিবিকপু মহাক্কী মতিকনি। কয়ামরুম চাঙবা হায়দনসু ভমলোইয়ে।

হৌজিক্কি অপীকপা অমতা ভায়বগী থাবু হায়গে। মিৎ তাংলবসু শিদে. না-পংলবসু শিদে। খুৎ তেকলবসু শিদে। খোং তেকলবসু শিদে। অসি খিবীকনা লৈত্রবদা ২ মিতা মঙাইরে। অমনা পুকনিংনে, অমনা নিংশানে। পুকনিংনা ওইবা থরাইদি খোংশাবীনে। খোংশাবী মহাক্কি মফম লেংদে। মহাকনা লেংবদি নুংশিৎনা ভোনজিনলকপদা। খজিক্কং সেপ্পদা মঙায়য়ে। মহাক্কা সেপ্পদা লাইনিংসিংগী ফম্বীদা হেক হেক চিংলি।

খংও। তূম্বা খংহনবদি থরাইনে মিকপ থোকপা নিংসিংবা খংহন-বদি লাইনিংসিং সিদবা মহাক্না তাইবং হকচাংদা লৈবনা থংবনে হে মীও।

অমদি মাম অসিবু খংজনবদি মহাক্না লেপ্লা লানবীরে। মহাক্না লানথোদবদি লৌনিং চানিংবা ওইদবা চৎপা য়াপং চুমদবা অরেপ্পা লৈতবা মী মহাক অহৎতবুনে খংও। মপু কোবা লাই মহাকপু চেৎনা থাদোক্ননা নিংজগদবনে। নুমিং খুদিংগী মহাকপু কাওফরোই তূমলে চৎলে ফমলে, মহাকপু নিংগদবনে হে মী ও। অচং চন্না পুম্নমকপু মহাক্না চংনা পালহল্লে হায়বা খংও।

অমদি তূম্বা মতমদা শেমফুদা নিংঙো অত্তুগা নুংশাগী মনুংদা থরাই মঙা মকপু থমনা তূম্মু। মঙাং লাইনিংহনবনা লুৱাং পুনসিবদা হায়রমলবা রানে মরম আসিবু লাইনিং লম্বী কোই থরাই লান্নবা কৌই। অত্তুগা মরম খংদনা চুম্ন সোঞ্জবদি মিংথৈ সোনবা কৌই। হে মীও। নোংলোন পথুং রাচেৎলোন কোবা লাইরিক অসিদা থাচবা লৈতনা হাইরবা অসিনে। লান্নগদবা লাইনিং থরাই মমিং সোন্নগদববু সুনা হায়রবা অসিনে খংও। হে মীওইবসিংও। নোংদম্বা লাইনা থোঞ্জানবীহনা নোংলোন পথুপ কোবা লাইরিক অসিবু থম্বী-রম্বনে খংও। করো অথোইবা মহাকনে থরাই মঙা মক্না নিংজবদি পামজবদি অসিতবুনে খংজৌও। অসিবু খংদবা মী মহাক্তি মী নত্তে সন মমৈগুম্বনে। মীওইবা পুম্নমক্না

নিংজগদবনি মচক্রুহনে। অথোইবা লাই মহাক্পা হকচাংদা লৈবগী মরম্না লৈবখিপীকপু খংহনবনে। মানা মানা নিংজববু নোংদমজবা ভমজবনে খংও। লাইনিংসিং কৌবা অথোইবা লাই মহাক্পা। হকচাংদা লৈবগী মরম্না মচামস্তু পোকপা ভুহনে। উনা শাবা লৈবাক্পা শাবা মী অমত্তনা করম্বদা খংহনবা ভম্বগে। থরাই মভামক্তী লুচিংবা নিংশা অমগী ময়েকপু থিংনা সরিকৌবা লাই-নিংসিংবু করম্না খংবা ভমগবনো লাইরিক অসিবু পাবদি নিংশানা য়েংলোমদা লৈরিভৈদা পাগনো। ওইরোমদা লৈরবা মতমদা পাও। নিংশানা য়েংলোমদা লৈখবি লাবা কৌই। ওইরোমদা লৈরগা অমোম কৌই। ফি অহনবা অমা থাও লৈরক কা যেক্রুক থাওমৈ লৈ মরম তরেং য়াওহনা পাওও। লাইরিক অসিদা নংগী থরাই লৈরবনে খংও। লাইরিক অসি লৈবাক্তা তাহনগনু লৈবাক্পা পোকপা থারাই নস্তে। নিংশাগা লাইনিংসিং অনিমক্পা পোকপনে। মালেম লৈপক্তি এথোয়বু য়াবিবনে য়োকপী থাক-শীবনে। ফম্বীদি অভাং ওইরিভৈদদি লৈতে হকচাংদা চংনা লৈয়ে। লেম্ফগী মপুংদা নোংদম্বা লাইগা পকনহনা লৈয়ে খংও::।

হৌজিক্তি পুজিরোন হায়গে। অথুম অহাও মসিংস্তনা চাও ঈশিংসু য়াম্না থকউ। হয়েংদি চাক হেল্লু চাকহেনবা কৌবদি নুপী শমনগনু। নুমিৎ অহু অস্তুম্না তৌরগা নোংভানবদা য়ুং অহু থকও: ঈশিং থকনু অহুগা হকচাং অসি নুংভাইতে হায়বা অহুনা মথক থংভো। অহুগা ফি য়াম্না সুপচিন্দুনা ভম্বা মথৈ তুম্মু। অস্তুম্না তৌরবদি চহি (৩) দি নাররোইয়ে। অহুগা

অমদি নুপী তিন্নবা লোইরবগা চুংগী ঈশিং অরুবা অত্থ থকউ। কমদৌবগে য়েংঙু ফম্বী অত্থ থোইনা কবু থংগদবনে খংও।

অমদি নোংঙানব্বগা হৌগৎলব্দা হকী ঈশিং অত্থ থুরা অমা লোত্থনা থকউ। মুমিং থুদিং থরুবদি মতিন মরাই লৈররোই থুরাং রাংলেন নাররোই খংও। অত্থগা ঈশিং অচম্বনা নমিৎ ২ পাংথোক্লগা চাইনা চাইনা য়ৈয়ু। চাইথংপদা নমি কুপকনু অত্থগা অমুক উইশিল্লু। অমুক পাংথোকউ অমুক চায়থৎলু অত্থ্না ২ রুক তৌও। অত্থগা মমুং অচৌবা চংলগা থাদোনবীদা তিনথাক্লগা, থাগী থোংদা থিংজিন্দুনা হুংকৎ হন্থা থিন্দুনা শানৌ। অম্মুর তৌরবদি চাক অপুম্বগী মুংশিং মঙা ৬ লক লোথোকপা ঙম্বনে খংও। মত্থ তৌবদা য়ুং হানিংলবস্থ হানদোকউ।

হৌজিক্তি মরম অমা হায়গে। নারবদা সিগদরা সিরোইদরা হায়বা য়েংনবা হায়গে। য়াংলেন্দা মিঙুন অমা লৈবনে। মহাক্না খোংশাবীগী মপাদা ফাওরক্লবদি লুরে। অমদি লেংলক ২ গী মিঙুন ২ সিগা ফাওরক্লবদি ফম্বী সোক্লে হায়বা খংও। লেপনা সিরগদবনে হিংলরোইয়ে।

অমদি। অহাউ অথুম ৬ সিনা অকম হৈরাং চাবদি মপানপী রানে। অসিদগী থোইন হেন্না লুবদি তৌগদবা মরম হায়গে। ঐহাক্কি হকচাং মচৈবু নোংমগী অমুকরক হৌহল্লু। মাত্থ য়েংবা মতমদা হৌ হায়বা য়াদ্রবদি লুরে। মতম অত্থদা তাইবং পানবগী ফজবী নিংথিবী নহা ওইবী য়েংত্থনা নথুৎনশা রাওনা মহাকপু হৌহল্লু। মহৈহ হৌদ্রবদি সিগদবা থা

[৫] দা মচাতরে হৌবা থংও। হে মীওইবসিংও: অতুগা হেৎনদি শিগিরোই ঐহাক হায়ববু অসিবুনে আসিবু য়াকৈব কৌয়ে। নগাক চিংথৈ অতাণবদা য়াকৈরবদি লাইবু নিংজোও:। মরম অসিদি চাংথে লাক্ৰ হায়বদি মরম অসিবুনে।

হৌজিক্তি থরাই হাৎনবা মরম হাইগে হৈ খুদিংদা মনীদগী লৌং: হিপনিন্নরিবদা মরৈ লৈত্তোন চুপওং। মহাক্কী মপুক্কিং শিংহল্লু থরাই হাপ্পা য়াবা য়াবে। মরমদি ঐগী ফখী ফল্লবগা মহাক্কী লৈতোন চুপও:। মসিবু য়েনলোবা হায়বদি অসিনে। অমদি সুমং খুদিংগী খল্লিবা ফতবা বাথনবু তুনজেকও:। অতুগা অফবা চচুম্বা বাথনবু লোথংতুনা নিংশাগী মনুংদা লোইনা পুসিনতুনা থম্মু। থরাই মপাগী ফখীসু নিংশানে অসুম তৌরবদি লৈবা খিপীকপু লোইনা উবা ভমগদবনে থংও:। মপান্দগী নুংশিংকা মনুংদগী ভুংশিংবা [২] দি বদৌগুংদসু উবা ভমগদবা লৈতে

হৌজিক্তি থোরম অমা হায়গে। হিন্নগা থংগে হায়রবদি নিংশানা চংপা অমদা নথোং থাংজিল্লো। নংনা নিংগদবদি মুম মমুদা লৈবনে হায়না নিংচু। হান্না লোংচু অতুগা অতুক উংচু অতুগা নিংথা অফুনবা মাইগৈদা য়াপানা হিপও:। অতুগা হোয়েন অমুরক য়াংকনগা নিংশানা লৈবা মাইগৈদা য়াতাও: অসুম্বা মরিরক তৌনা হিপল্লও: য়াহিপ [১] অসি থাযরোইয়ে

অমদি। নংগী হক্কী ইশিংবু অমুক অমুক মুমিদাংবাইরম অমুক হনজিনল্লু। অসুম্না তৌরবদি সিনিংলগা সিয়ে সিনিংব্রগা সিদে হায়বা থংও:। অমদি থিফাবইবা লোইরগা লাকপা ঈশিং অতুদি

লুরে। মতুদি চুমগী ঈশিং নত্তে করৌ থক্কি ইশিংনে। মম্মিংদি ঙুঁ কৌয়ে মহাকপু থক্লবদি অমুক হেন্না ফবনে।

অমদি ঈশিং হায়রিবা অহু লাকত্রিবা মথৈদি ফি অরিবা লৈরি হায়বা থংও:। মহাক লাক্লবদি থোং লোঙ্বনে। অসুম্না থংজরবদি নংগী নশা অহু কদৌগংদস্থ নাগদবা লৈত্রে। অমদি নখদাংনা থবাক্তা থম্ম। অতুগা নরাইক্কা নথুগা থোংনতুনা, মিকপ অমতং তুম্বা ভম্লবদি কদৌন্নুংদস্থ থুরাং ৱাংলেন নাবারোই-দবনে। মরম অসিদি পুনসিবা রানে থংও:। মসি, তৌরবদি কপলাকস্থ সোল্লোই। য়াংস্থ তেকল্লোই, নাকোংস্থ পংলোই, মিংস্থ তাংলোইয়ে থংও:।

হৌজিক্তি রারম অমা হায়গে। নারবদা নংগী মনিংবু হায়তুনা নিশা চিংসিন্দুনা য়োংসিল্লো। অতুগা থোংবী (১) থুবি (২) চুপ্তুনা য়োংল্লি অসি তৌরবদি, লাংফমদদি শিরল্লোইয়ে, থংও:।

অমদি থোকফম চিল্লবদা থোং (৯) দা থুংনিংথৌবা সোক্লগা নিংশানা লৈবা মাইগৈদা চিংশিন্দুন য়োংশিল্লু অতুগ থোংফম [৩] নং হন্দোক্তুনা লেপও : মিনা উদবনে।

অমদি য়েন থিবিক্কী মকোক্তি থি ফাইবা মতমদা নিংসিংজু, মৈরোংদা কারকপা হুমাং অতুনা এনগী মকোক্কে। মতুবু থুংনিং থৌনা লৌরগা মনম নম্লগা লৈতোন্দা লেক্তুনা য়োংল্লি পুন্সিবনে থংও:। মতুগী হুমাং অতুনা থোকত্রবদা তিন থাক্তুনা ম্ভরা খোইনিং থোকনা তক্তুনা য়োংলু মতুদস্থ থোকত্রবদি সিগদবা হাকনা কুইত্রে থংও:। থা [৩] দা মঙাইয়ে হায়বা থংও:

কৈ ভিক্তি রাৱম মমা হায়গে। নোংমদা হাকথি ৬ লখ খংজোকউ লোক থুংলোইয়ে।

অমসুং হায়গে। শালান কৌবা হকচাংবু রায়রা শা কৌয় মিবু ভুইয়েন কৌয়ে। রায়রা পাবু য়েংলোম থম্। ভুইয়েনবু ওইরোম থম্নগা চাক চাঙও হিপ্না মতমদসু ওইরোম থম্না তুম্মু অসুম তৌরবদি হকচাং ফবনে খংও। অমসুং হায়গে ওইরোমদা য়াত্তারবদি। খুং য়েংন কোম্না হিপ্পও থরাই লাইকন ফিনা কোম্না হিপ্পও। অমদি য়েংলোমদা য়াত্তারবদি মঙাংগা লুবাংগা খুমনগা ও মকপু ইমু সিয়োমলা লোকতাক ফিনা য়োম্না হিপ্পও। ইমু শিয়োমদা লোত্তাকী কৌবদি ঐগী খুৎপাকপু কৌই। মঙাং কৌবদি তিবু কৌবনে লুবাং খুমন কৌর্দ তুরুম অনিমকপু কৌবনে। অসিবু থুম্না হিপ্না হায়বা রানে। সরেন ওইনা কোম্না থরাই লাইকনকি কৌবদি য়েংকি খুৎপাকপু কৌই। য়েংকী খুৎপাক অতনা তুরুগবু কোম্না তুম্মু হায়বা বানে। অসিবু তৌনা তুম্নবদি হে মীও কদৌনুংদসু নারোইদবনে খংও।

অমসুং হায়গে। ফৌসুবা চেং চোইবগী খোজেনবু তারবদি শিগদোয়ে হায়বা খংও। ফৌসুবা চেং চোইবা কৌবদি হিপ্পবদা চায়থাংদা নাকোংনা নম্না তাও। নাকোং মনুংদা থুং-থুং লাওনা চোংবা অহনে। মহুৎ খঙনবা মরম হায়গে খোজেন অহবু মুমিং থুদিং য়েংঙু। থা অহন নোংমা ও নি পানবদা তারবদি থা ও দা মঙাইয়ে খংও। নিনি পানবদা তারবদি থা ২ দা মঙায়রে হায়রব খংও; ১০ নি পানবদা তারবদি

চহি ১ তা মশ্চায়রে হায়বা থংও। ১৫ নি প'ন দা তায়বদি চহি ৩ দা মশ্চায়রে হায়বা থংও।

অমদি মতম অহুদা হৈই কৌবা লাইনিংসিং চহুবু যংজগে হায়রবদি নিংশা হোনতোবপদি হু নে চিংসিনবদি নিংনে। নিংশা হনজিনবা মতমদা লাইনিংসিং মহাক্না লৈবা মকমদা নিংহনা লাইপাক্কি নমশাদা চঞ্জিল্লু। লাইনিংসিং হৈই কৌবা লাইবু লেপ্পা ফংজরবনে থংও।

হৌজিক্কি লাম্লদবা মরমবু হায়গে! মিংকি মতুংদা লৈবা তাখামিং কুপ্পা খাবীরমগুম্বা অকোনবা অহুগুম্বা মশক অহু তেং-থানবা মপু সিদবগী মশক্কি অহুগুম্বনে হে মীওইবসিংও। থংজোও। মিং তাংলবদি করম্না থংগবনো। হে মীওইবা অপংবা নখোইবু হাইরিবা অসিনে। হৈই কৌবা লাইবু থোইনা তেনবা লাই অমা লৈতরে হু হৈই তাইবংপানবা মপু সিদবা নহাক্কি নশক্কি উদে অহুবু হুম্লগা অরেংবদা মথংই। নমিংদ কনাগুম্বনো হায়না থংসবা হৈই হায়বা নমিং ওসিবু অমুক থোইনা করি সোল্লসি-বনো। হু হৈই হৈই কৌবা লাই নহাকপু নদাইরেম ইরাংমনা অতেংপা লৈহনা নিংচরি। হৈই কৌবা লাই নহাকপু থংদ্রবা মী মহাক অহুদি মখোং ৪ পানবা শাগুম্বনে অমদি মশাপানবা উচেকুম্বগা মায়রে মী মহাক অদো হে হৈই কৌবা লাইও। লাই মী হিংচাবা অচৎ চৎতবা শাউচেকবাহি মুম্ন কৌজেং হারো ককচেং থোইয়া নাপি সিংবি হৈপান লেপান হকংবা অতেকপনচিংবা অসি খিপীকী থরাই ওইহরিবা চুংশা হোম্বা

অচিনবা মফমদা কমচনা তাইবং থরাই অয়াম্বগী থামই হায়বগী থামজিংগোন মকোই। হে সিদবা নমিংদি মুকম থানবস্ত মকোই। মুকম থানবা কৌবদি পোকসি লাংলিবা খিপীকপু নোংদম্বীরে হায়বনে। হে সিদবও লাংয়াথানবস্ত মকোয়। লাংয়াথানবা কৌবদি অশিবা খিপীকপু নোংখাইবিয়ে হায়বনে। অমুম্না মহাক্না অহং অসি অনিগী মরক্তা মুংমু অরুম্বা অতাউবা ওইকনা নোংদম্বীরিয়ে। তাইবংগী খোং খিপীকপু নোংদম্বীরি হায়বগী থোংচারন মকোই। তাইবং পানবা মপু সিদবনা হক কৌবা মফম অভুদগী মহাক্না লৈনা লৈনা লৈমরেন সিদবীবু পুথোক্কই হায়বগী লাই নামুংবা মকোই। তাইবং পানববু থাম্না থাম্না চংথিয়ে হায়বগী লাইখাম নামুংবা মকোই। তাইবংপান পুম্নমক্না লৈরিবা লাই পুম্নমক্কী মিংথোনবু সিদবা মহাক্কী মিংথৈনে।

হৌজিক্কি মীওইবগী মশাদা লৈরিবা লাই খিপীককি মনিং চাকচা ফিসেৎ মচু মমেন থংনবা হায়গে। হু লাইনিংথৌ অসুপ্পনা বহিস্ত লৈত্রিরৈদা হৌরকপা। রোইবু খোইমোম লারেম্বী ইবুংঙো ইবেম্মা অনিমক্কি মওং মতৌ চাকচা ফিসেং খুংস্ত খুলাই, সিংস্ত সিংথাক্ম অসি খিপীকা লোইনচনা তাইবং চকচাংমুংদা লেখিচনা মৈ-ঈশিং মুংশিৎ-লৈপাক-অতিংচা মশামকপু লেপ্পীরগা মীওইবগী ফিরপ। মশক মওং অমা লেপ্পীরে অদুবু মীওইবগী মশাদা করি ২ লৈবা তাইবং মীওইবগী মশাদা সরোই(১০৮) ই মশক মরোং মচু মমেন চাকচা ফিসেৎপু হায়গে। থুয়া থবান্না অম্বা সরোইগী মচু সংফারৈয়ে ফিসেংতি ফিগে লৈরি মচু মানবা

সেংলে। মরিনবু থাংবন লকা ওইনৈয়ে ঈশিংবু কানাক ওইনৈয়ে মনামা পাদোং যাল্লে মথুংতা ওইবশা মুইয়ে মমিংদি লৈনাংবা কৌয়ে। খোংগাক্পা লৈবা শরোইগী মচুদি মেমানবনে কিসেংতি পাংগোংলী মচু মানবা সেংলে। মথুং য়েংবা মোইবুংমুই ওইবা শাকি মুই চাকচাদি হি য়াই চাইয়ে মমিংদি লৈকোন কৌই। খুজেংদা লৈবা শরোইগী মচুদি অমুবনে কিসেংমু অমুবা শেংলে মথুং [৪] পাল্লে মথুং [৪] মক্তা চুংগোই খাংশাং থম্বাল শাইজ মুইয়ে চাকচাদি অথাবা চাইয়ে। মমিংদি মিরুাইং কৌয়ে। য়েংবী খোইবীদি তুরু কৌয়ে খোংদোনবীদি তুমাবা কৌয়ে খোংয়াইদি লৈখোম তাও কৌয়ে। খোংনিংথৌদি লাইমৈশাং কৌয়ে খোংনাওবীদি থৌডাইবা কৌয়ে। ওইগী খোংবীদি লৈশাং তাও কৌয়ে। খোংদোনবীদি মুংমরিংবা কৌয়ে। খোংয়াইদি লাইকম কৌয়ে। খোংনিংথৌদি লাইমৈ কক কৌয়ে। খোংনাওবীদি লেমতা কৌয়ে। লাই শরোইশিং অসি লৈবগী খোংবী খোংদোনবী থাইবনে। খুমিং [২] মক্তা লৈবা শরোইগী মমিংদি লম্বুবা কৌয়ে মথুং [২] দা চুমথাং থল্লে মশাদা থম্বীমুম শাইয়ে মচুম্ থম্বীমুংগী মচুনে। খুথোম [২] দা লৈবা শরোইগী মচুদি লৈচিনগী মচুনে কিসেংমু যথিউংকী মচু মানবা সেংলে মমিংদি ওকপী শানোই কৌয়ে। খুরাইদা লৈবা লাই শরোইগী মচুদি কোরিগী মচুনে কিসেংতা অডাংবা সেংলে মমিংদি কংজাং কৌয়ে। খুউদা লৈবা শরোইগী মচু ভাংডে কিসেংতা অদুবা সেংলে মমিংদি খুউ লুবাং কৌয়ে। কমলাঙা লৈবা শরোইগী মচুদি ভাম্বু থম্বোংগী

মচুনে ফিসেৎতি অসংবা সেংলে মমিংদি কানতৌ কৌয়ে। খৈগন [২] দা লৈবা শরোইগী মচুদি হিগোক্কী মচুনে মথুংথা-থর থম্বাল পাইয়ে ফিসেৎহু হিগোক মচু সেংলে মমিংদি পেংবা শানোই কৌয়ে। থুম [২] দা লৈবা শরোইগী মচুদি অসংবনে ফিসেৎতি লিক্লা সেংলে মমিংদি কুহিংবা কুহিংতি কৌয়ে। মাগী খুৎস্মাদি থেংগু মুইয়ে। সিনমুংগী হং মরক্তা লৈবা শরোইগী মচুদি লিক্লাগী মচুনে ফিসেংতি বনাগী মচু শেংলে মমিংদি মুং-হুং মুংচিরিক কৌয়ে। সেগ্রাক [২] দা লৈবা শরোইগী মচুদি ককলা মপানগী মচুনে ফিসেৎতি সংকারবা মচু সেংলে মমিংদি মি-মি তানৌিং কৌয়ে। হায়রিবা শরোই লাইয়াম অসিগা অহিং মুংখিল নাইদনা তাইবং হকচাংদা হুবেন লাল শোক্কবিয়ে হায়বা ফংঃ। মসি পুম্নমক অসি থগান কাবোংদা কম্বী ইমা লৈমরেন-সিদবীনা পোথাখি। মরমদি তাইবং কুম্মে শানগে কুম্মে অহুব ক্লেংগে হায়বগী থৌশিননে। তাইবংবু মাংম্নবগী মরমদা হকচাং মমুংদা লিন থুপ [৭] লৈরি। লিনথুপ [৭] অমুদা তিন [৭] লৈয়ে। তিন [৭] কী মমিংবু তিললিরেন তিনঙাংলেন তিনঙৌরেন তিনসংলেন তিনমুরেন লাইমুরেন তিনওইবী হায়রিবা তিন [৭] অসি শিরগা তিনকমদা তিনখি হায়বগী তিন কৌয়ে। তিন [৭] হায়বদি মথেক নায়না লিলগী মথেক কুমনা মগাক্না কোইরগা মমৈবু ময়ানা চিক্কনা নিংশাবু চিংশিনলি। মুংশিংনা চিংশিল্লকপদা থোইদৌ মখা থুক্লোন [২] মথাইদা তিনগী মচুংদা চংখি। মুংশিংপু মচিন [৩] পালি অঙাংবা অশংবা অঙৌবা [৩] হুম থোকয়ে।

৩ ভুম থোকয়ে হায়বদি মৈদা অমা নমলগা ঈশিঙ্গা অমা নমলগা মুংশিঙ্গা অমা নমলগা মী দিয়ে। মরম অসিনা কুংশিংকী মশিংবু অশিংগা কৌয়ে। সিদবা লাইগী কৌক্রুগা তিনবীরেনগা, অহুমস্কা চিনলোকুহনা তুংদা লৈ হায়বগী লুতুং কৌয়ে লুখম কৌয়ে। মকম অহদা থুপ্পা লৈয়ে হায়বগী চিংথৈ অথুপ্পা কৌয়ে। মকম অহুবু চিংথৈ ' যিথুপ (৩) সু কৌয়ে। কৌক্রু হায়ম কৌয়ে কৌক্রু কৌবদি করিপীনো হায়রবদি মহিরেন অরুববু কৌথহুনা সিংথাকম লৈমরেন্দা কৌথনী হায়বগী কৌক্রু কৌবনে। লৈমরেনবু কৌমু কৌবদি মহিরেন অরুববু কৌথৈয়ে হায়বগী কৌমু কৌবনে। মরম অসিনা তাইবং হবচাংবু লাইনি হায়বনে। কৌমু কৌবা মহাক্কা কৌবা হেক তোকপদা ইবুধোগী চৈতেক মশিং লোইয়ে হায়বা থংও:। তুরেল লাইজ পাথয়ে শরোই অয়াম্বনা লান হৌয়ক্রে হায়বা থংও:। মুম অসি শিদোক্লসি হায়না মাইগৈ (৮) তুংদাই (১৬) মক্তা সিনথা থুংনা শরোই অয়াম্বনা লাওরক্লগনি থংও:। মৈ-ঈশিং-নুংশিৎ-লৈপাক-অতিয়া (৫) মক্তা নহান মথৈ থংহন্দনা থুপনা লৈরবা অলো থুপ্পা য়াদহনা চোংথোক্লক্তনা লৈবা য়াদয়ে চৎলসি মরু ফংনা তাল্লসি হায়না থোরক্লগনি। লাই [৫] মকপু রাতানয়ে হায়বা থংও:। রাতানবা লোইরবদা লাই [৫] না হায়রকই, তাইথো শরোই নথোয় লৈরমথো ঐথোয় চৎতুনা মরুসিদবা উনরুথিগে হায়না চৎখি। মতুদা লাইনিংথৌ পাক্সনবনা তাইথো লাই মণ্ডামক ঐ চৎতুনা মপু সিদবা উনরুথিগে হায়দুনা চৎখি। লাইনিংথৌ পাক্সনববু উবদা মরুসিদবনা হংই।

মগাক্কী লম্বীনে খংও। মহাক্কী লম্বী অহুদি মুংশিবা হরাওবগী লম্বীনে লোয়রেনগী লম্বীনে অহুবু খংদ্রবদি মী মহাক অহুবু স্মার্ট মনে সক্রংবা কৌরে। মহাক অহুনা মুপী মুপা ওইহুনা তাইবংপানবু চিংখোক চিংশিন তৌহুনা লানবীরিয়ে। অহুনা হে পাঙ্গনবা লামা লোংনা খোম্নী তাইবংপানবগী মমা ওইরিবী মগাক অহুবু লাকখিগনি লোংথো লোংগা লম্বী মহাক্কনা খংবনে। এনা তাইবং হকচাং শংবদি মহাক লৈবগী শংবনি মহাক্কনা লোংগাক্কী খংবনি মপাগ্নেন মশক খংবনে মহাক লাকখিগনি মক্কোন্দা লোইনা চংগনি লোইনা লাখিগনি মহাক্কী মতুং ইনগদবনে। য়াকম হায়রদো লৈমাংরে। মসি হায়হুনা মরুসিনবনা পাঙ্গলবদা লিরকই রারম অচ তাবদা কোঙ্গিন তিংথোকুনা হনখখি। হে তাইবংপানবা মীওইবা পুম্নমক মতাং অসি য়োরক্লবদা লোংগানবা লম্বী খংনবা মুম্না তাখিগবনি। অদন নাক্তা চংজগদবনি ইশানা মুম্না রাখল তৌখিগদবনি। লুরবা মতাং অমনি হায়না খংখিয়ু। তাইবং মরুপ খিবীক্লা নমহুনা লৈরিবা লম্বী লমমুকনরিবা মুংত্রংনবা রাখলদো লৌশিং থাংবৈ থানগৎলে। মপুগী লৈরাং লৈকোল্দা চংলসি য়াইক লৈপুল কংলসি খোল্লাও কয়া লাওরসি। চেক্লাওয়া পাইখিবা লোম্বী হজিল্লে। কাইদোংক্ব মফম খংহনসি। কক্লাপনহুনা লৈফরোই। তাইবংমরুপ খিবিক্লা মুম্না রাখল তৌবিয়ু মতাং ওইরক্লে। খুৎত মৈরা পাইরসে লম্বী খিরসে। কোঙ্গিন তিংথোকুনা হনখখিবদা লমথাংদা মৈ-ঈশিং হুমিৎ-থা-লোইবা কায়ক্লে। শরোইগী লাম্না কনখিবনা লৈবা

য়াত্র হায়না খোংথয়াগ [৩] দ' ফগী লৈমরেন নাওয়োমসু থম্বীন মখৌবদা তোংবা থরাই অঙাংবদা তোংবা থরাই অমুবদ তোংবা থরাই অশংবদা তোংব থরাই নাপু মচুদা তোংবা থরাই ৫ সু থম্বালখোং ৩ দা ফগী. লৈমরেনগী নাক্তা চেনশিন্নক্লে। থরাই ৫ না হায়রকই। হে ইমা সিদবী থা খোং লাইখোং মর হোং য়াইবিখোং লৈমখোং থম্বালখোং অহৌখোং খোং ৭ না ঈশিং চাওরক্লে। থুম্লক্লে মাইগৈ সলাই থংদার। মরম অহুনা ননাই ঐখে য় কারক্লে। য়া অহুবু তাবদা থম্বালখোং ৩ দা ফগী লৈমরেন নাওয়োম্না থাদা য়েংথখিবদা থুরা চকপী ঈশিংনা শুগৎলকপনা থম্বালখোং মরু য়ৌরকদৌরে, মহু উরবদা তাইবংপানবগী লমজিংবা মুংশিং য়েংগক্লে। থম্বালখোং কারোং ৩ গী মরুদা ফগী লৈমরেনদো ইথক পানথেংনা কল্লকপনা থাংবা শুম্বুক্রৎহনা কংলাগী পুংগী খোঙ্গন তারক্লে। কংলা য়াইপুং হৈরক্লে। পুংগী খোঙ্গন তাবদা লৈমরেম্না লাইখোং কৌবা মরিন্দা হৌ-হৌ হায়বা তানপুংদ, নেৎহুনা মরু তাম্না কারক্লে। য়োইবু ফগী লৈমরেম্না কারকপা উবদা নোংমাইজিংগী চিংদোন লেম্ফদা লৈবা সিদবনা কপলক্লে। তরং লাইজ শিনথরক্লে। মতাং অসিদ ইপা ইপুনা শোম্লরম্মী। হা-থা-থাবুদোন নচা মোয়াম্বী পোবিগে, পোবি সনম নম্বীগে হৈবোং মশা অমত্তা থাদরকও ফওা হাওদি মরক্তা তাখরে কম্লাচাবিগদগে। অসিগী মরোন্দি ঐখোয়না নহানমথৈ তাইবং হকচাং শংবদি য়ায়ক্লবা মতম অসিদা পঞ্চরমদাই মতম অসিদা তাইবংদু পোক্নুনা পুরম্বা অরেম্বা ওইখরে। থংনা থংন মকৌজৈ থুম্বদন

পুন্সীরক্লে। নংনা নহানমথৈ পিনথাবদা অরেম্বনি ভাইবং হকচাং অনি অনি হায়তনা লৈমরেম্না তেংথাবনে। মতাং অসিদা ভাইবং মীওইবগী কিরংদাইদা মমিত্তগী মপী তাবক্লে হায়রবো অসিনে। অসিগী মথাদা মরুশিদবগা মরু ফিবী লৈগরেবগা উম হায়না উনরে। অংভা ওইখরে। হুঁ নিং হায়বা মিংথৈ ওইখরে। অতুদগী থুডিংখাদা লৈবা রাংবরন থোংভারেম্না লাইতেংবা কৌবা খোংগন চৈস্তু পাইতুনা পরোই পুম্নমক পুরক্কুনা খোইদৌ, মারজিংদা সিন্নরে। মারজিংনা বনাবনা রাংলবনো হায়বতুনা তুমতুন যেলকলে। পুম্নমক শুরে খোইদৌ চুপফাংখোং ৪ মরি কোইরগা থাংজিংদা থাংগৎথি। মখোয় পুম্নমক লাকপা উবদা থবাক্তা কপ্পুনা লৈবস্বা লাইরেন মৈনাইদবা লুথুপ লেম্না হুংহল্মী। নখোয় কারকপা কবিগীনো হায়না মতুদা মখোয় পুম্নমকনা হায়খি। ঐখোয়গী মুমকম লৈতরে, লোইনা শিদোক্লে তরং ঈপাক ওইখরে। থম্বাল কারোং ৩ দা যন্দী ইমা লৈমরেম্না মুগী মুপা ওইদুনা লিনগী মথেক শারগা তুরেল লাইজ পাথগনি হায়তুনা মথৈবু মথানা চিক্কুনা লৈরম্বা থাদোক্কুনা, মকসিদবা তাম্না কাখরে। মীওইবগী পুকনিং ফারিবা পুকনিং লুবা ভুম্নবী ইরুমনা সেংবী, মনম চাওরবী অতুবু মুংশিং মমাং থাংবা ভুমলরোই। ঈশিং মমাং থাংবা ভুমলরোই। ঐদি মুংশিং লাংদবা মফম ঈশিং চংদবা মফমদা সিদবগী মফমদা থাংপোক অমা থন্দুনা লৈরমগে হায়না কাখরে। ইমা মরু সিদবগী মফম অতুদা চংলগে হায়না ঐখোয় পুম্নমক কারক্লে। লম্বী কদোমদা চংলগা মরু সিদবী

ৎাংগনি অসি হায়না হৎজরক্লবদা থাংজিংনা তাকপীখি। হে মরুপ পুম্নমক মপুগী মিংথৈয়েন শোক্লো। থাংজিং ঐনা শোয়িংবা হুঁ নিং হুঁ নিং হয়বা সিদবা চিংথৈ শোক্লো অদি হায়না তাকপীরে। থাংজিং য়াবা থোক্লেন ভাবগা লাকইবা পুম্নমক হুঁ নিং হুঁ নিং হায়নহনা সোল্লহনা থাংজিংনা মাংথাহনা সম্নজিং মন্তোর অবাংবদা কাখি। অদুদগী নিংশা থমলে। সম্নজিং খোংসা ভংলে। সিদবা খোংকম থাংথরে মৈথুগুম্না পাথোকখরে। মৈথুগী মরক্ত ভস্মনগুম্না তান্দুনা অতিংকোক্তা কাখরে লৈবখিপিক ঐগী ইতুং ইল্লকউ হায়বগী মওংগুম অতিংকোক্তা তিনখরে। লাইখো লিশিং ভগোই শারে। মরুশিদবীনা পানথোইবী ওইনা থোয়ক্লে মপুগী লৈকোন্দগী লৈরাং খুচোক পাইহনা চাইথবিরে। য়াইফা লৈপুন কংজরে লুপা মপল শারে মা মহৈ য়াক্লে। মহৃদগী লৈবা পুম্নমক পানথোইনা পুশিন্দুনা মপুগী খুয়া থবাল কংজখি। থবাল লৈকা লৈহিকপু চুপচখি। অদুদগী থবাল ফাকুতা ফবা থবাই সিদবা নংদি সনথোং পুংমাই লেপ্তুনা, য়ুম অতিংবদা লৈয়ু হায়না পানথোইনা সিনখরে। মৈ- ঈশিং লৈপাক অতিংতা মতানা মীবু অমুক শেমগনি নথোয় (৫) না য়ুম অতিংবদা (৩) নি লৈয়ু। ঈশিংদা (৫) নি লৈয়ু। শা মথোং পান্দবদা (৫) নি লৈয়ু। মুমিত্তা (১৬) নি লৈয়ু। নোংথোম্বা (৮) নি লৈয়ু। থৌরাম্বিচাকতা (৫) নি লৈরগা লৈমন্নেন নাও য়োমদা চংহনা পোকনি! নথোইদি য়ুম অতিংবদা চংহনা লৈয়ু হাইবগী নমিংবু চিংউ অসংবা হায়না কৌখে। তাইহনা লৈ

হায়বগী চিংডু অঙাইবা হাইনা কৌগে। অসি পুন্নমক তিল্লগা অমুক হেন্না হায়বগী চিংডু মীতিন সেম্বা কৌগে। লাইগা তাইননা নৈ হায়বগী তাইবং কৌবনি। মরম অসিনা তাইবং মীবু লাইনি হায়বদনে, মৈগী ঈশাবু মশক খংলগা ঐবু শেম্বীরম্বা লাইগী মশক খংগনি। অম্মুম হায়না পুম্না তসিবু ইবম্বা লাইগী মথাই ফংলবা ইংগৌ মাইচৌ খোংনাংথাবনা লাইনিং অহল মরুপ খিবিক্তা রারী অসে নোঙালম্বী খংনবা তাকপিরম্বা পুম্না অসিগী মমিংনা সিংগাবুং পুম্না কৌই।

# হুঁ সিদবা
## স্না মহি লাইনিংগী মিংথেরেন।

হে তাইবংপানবগী মপু সিদবা সনামহি কৌবা মহাকপু থুরুম্না ইজরকে অসোই অরান পুম্নক ভাবপিম্মু। ইবুংঙোগী মাইথোং থম্বালদা নোংমাইনা হুম্না হুম্না নিংশিংজে হুম্না হুম্না খুরুমজে।

স্নামহি ইবুংঙো নহাক্না হুম-গী মন্নুংনা তীনা সিদবা ওইনা কুন্দুনা লৈরে নচুবু স্না ফুদোংশুম্বা নশকপু স্না শহিংবশুম্বা নচুবু থাংমৈশুম্বা ননম্বু ঙফুরিংকা মংমশুম্বওঃ। চৌংডু য়ারা নখোঞ্জেনবু হৈ-ইনিংনাং খোইমু নোংশরিক অহুম্নকী খোঞ্জেনশুম্বওঃ। লাইনিংথৌ নংগী নমিং হায়গে, হুম-শিত-হা-কৌয়ে। মমিং অসি খংলবদি খোইরেন

মহিগুম্বনে। (ইরাংপোৎতি) চিংগী মপোপ কারেৎ চেং থুংনা খোকপা তরেৎ লফোই মনম নাইবা (২) অসি য়াওনা হৈরুক কা থাওগী থাংমৈ কপ্পী মৈথু থুনা ইডা থাদা থুরুমজ্জী মুখিংডু শগোলশেন অমসুং ঈরাইদা থুরুমজো নমাই নোংপোক ওন্না থুরুমজোও। লাইমিং অসি অরুম্বক সোন্না থুরুমও। চাকচা বাখল নিংবা খিপিক থুংক্ত খংও। হে-মী-ও।

লাইমিং অমদি লাইনিংথৌ নহাকনা মৈ তরুং ঈশিং তবং মুংশিৎ তরুং ওরুং অহুম্বকী মমিংবু নংগী থুহমদা থম্না লৈবাক্তি নহাক শঙ্গোং অরিবা কৌয়ে। শঙ্গোংদা ফমলিটৈগী নমিংদি হাশা-হা-হিং-হিং-খিং-খিং কৌয়ে। মাগী (ইরাং পোংয়াওদি) লা লাতোন (৩) লফোই লফাং (৩) হৈ- মনম নাইবা (৩) লৈ মরম (৩) কা মতোন চোংবা (৩) মনা (৩) হৈরুক কা থাওগী থাওবৈ অসি য়াওনা লাইমিং অসি শোন্না নিংজব্রবদি অনা অয়ক হৈখাইবা খিপিকপু লৈতরে পুন্নিবা বানে খংউ।

লাইমিং অমদি লাইনিংথৌ শিদবও: নমিং কুপ্তনা য়েংবও: নচুবু মিংশেলগী মৈগুম্বও: নশকপু নোংখাং কুপ্পগুম্বও:। নশকপু চহি (১৫) গী মশককুম্বও:। চাকচাবু লিক্লা চাবও:। নহাকপু নোংপোক অরিবগা য়ুমদিম্বনা লৈরিবৈগী নমিংদি লিক্লাগা য়েন্নৌ হুন, য়েন্নৌ মতোন হুক লিক্লা মতোন হো-হো কৌয়ে। মসি খংলবদি হে-মী-ও:। থা-অমা-মুমিৎ তরেৎনিগী মমুংদা লাই ওইবা ওম্বনে নমাই চীংখৈ পাংনা তরেংলক সোনজোও:।

লাইমিং অমদি। লাইনিংথৌ নংনা লৈবাক্কী মখোয়দা

নোংথোগী মতোন্দা লৈরিবৈগী নমিংদি হুমপিং পিং কৌই। অসিদগী অমুক নিংথৌ খাগেম্বগী মচা ওইনা পোক্লক্লে নমিংদি চোইনৌ মামহি রাবীচন কৌয়ে। অমুক লাই ওইগ্রে অদুগী নিংদি পিং-পিং হুম তরং ফাদৌ লাই মকোন্দগী মেনখোম্বা লৈযোক্লা তনৌবা শংলৌ য়েনখোংওঃ হায়না কৌয়ে। রা অসিবু লৈশাংথোং খোমদা তাকপিরম্মে খংও। অসিবু সোন্দনা নিংজরবদি লাইনিংথৌ মহাকপু লেপ্পা ফংজরবনে. মতম অহুম্মক্তা নিংজৌও পুনসি হুংশাংনা লৈবা হুম্বনে।

লাইমিং অমদি হে লাইনিংথৌ মহাক্তা সনাগী সেম্পাক মতোন্দা লৈরিবৈগী মমিংদি তে-হিং মনিক-চা কৌয়ে। অমুক সনাগী তাংবন্দা ফমলরে লাইনিংথৌ সিদবা নংনা লিক্লা পুনগুম্বা মদুংদা তনজিনগ্রে। নোংপোক অরিবা কোণরে অমতা ওইনা তিনশিন্নগ্রে, অমনা ফি য়েল্লে অমনা চাকচা য়ান্নু। অদুদগী সিদবা লাইগা অহুম্মক্তা ওইখরে অদুগা লিক্লা পুনগুম্বা মদুংদা বুল্লে। লিক্লা পুনগুম্বা কৌবদি শজিকে শজিক্তি লাইনে য়েগৌ বৌবদি থাবানে, থাবাদি তাগনে. অনিমক অসিনা। সরাংথেম পোক্লে, অহুম্মক অমতা ওইনরে নমিংদি নিনপুম্লন পিং-তরং কৌয়ে মরু ময়াইদা ফম্লে, সম্লোং লাইনিংথৌ শারে নমিং শল্লে। মৈ-ঈশিং-নুংশিং অহুম্মক পোক্লে। মহাক মপাঙ্গল কল্লক্লে থবাই পানবা খিবিকপু নংগী থুংমদা চংগ্রে। থরাইবু কোইখিরে নমিংদি খোইরেন কৌয়ে, অমুরক্তী তেশিনখে। চীংথৈ অথুপ্পদা লৈররে নমলোল অথুপ্পদা হুপ্লিনগ্রে। অতিংকোবনা তৌবগুম্বা

কুম্লবে ইতুনা চাকসা ওইনরে কিশেংতি চীংখোংদা থম্লে ইমিংনা মিংশেল ওইরে। লৈগরেন সিদবীনা নাওয়োম ওইরে অতুগা চীংখোং (৩) মকপু য়োম্লে। নংনা লৈচম্ফু ফাতুনা সংগোংদা লৈরবে নমিংবু ফাসৌ কৌনা তন্না তন্না নংনা লাক্তুনা থম্লে। রারম অসিবু থংজরবদি মীগী মশাদা অনা ময়েক লাইথুং (১০৮) সুংশা অচং অশম লৈতনা হকচাংবু য়োক্তুনা থম্বা ওম্বা ব'নে থং ওঃ হে- মীওঃ।

লাইমিং অমদি হে-লাইনিংথৌ নহাক্না থব্লাই পানবা অপুম্বদা হুনজিনথরে। নহাক্না হমনি হুবা মপু ওইরে অমুরক হেরক্লে লম্ফু ম্ন হুবুংমু নহাক্না ওইরে। ঙামপান থারে হু মউ লিংলে অহুদগী তন্না উরিন পামেন সিদবা কৌনরে। সনা মপান থারে লুপা মহৈ য়াম্লে হুই কৌবা লাইরু নংনা ওইরে। নহাক্না হৈবি মতোল চোংহল্লে হৈরোম রা খোকহাল্লে। হৈরোম বা কৌবদি কোক্না মন্নুংদা নাগোনগী মপদা লিংসাগী রাইকম থোংলেনগী ফম্বী অতুদা ফাওরক্লে, লোম্লে হায়বগী হৈরোম রা কৌয়ে। অতুদগী মৈ-ঈশিং- নুংশিং-ফুমিং-পা-লৈপাক মক্রিয়া-নোংথৌ -খৌরাম্মিচাক। মথোই মাপসমকপু পুরোন মাপল থাইতুনা মমা মপা ওইরে। উতুপ থেংঙু শুরে খৌরি কোঙ্গোই শুরে অতুগা হকচাংদা চংলকলে। অতুগা ঙকলি লুশম অবুৎপদা লৈরবে নমিংবু ইরাই কৌনা লৈরবে। অহুদগী মশ মরুমগুম্বদা ইনথৎখরে নমিংদি মিংথেকতক ওইরে। করোং হৈ কৌয়ে অহুম তৌনা কমলে, থব্রাই অপুম্ববু খুত্তমদা থমলে! নচুবু চন্দনশুম্বা শাম্লে অতুগা

অমুরক তেশিনখরে। পিশুম অনিগী মরক্তা লৈররে নহাক্তা অপোক অসিবা নোংদমলে। তুমস্নু পাংবস্নু নোংদমলে, নমিংদি চা-চা-য়ান-হঁ - কোক কৌয়ে। লাইমিং অসিনু সোন্দুনা হুমিং নিনিবু কৌদুনা নিংজোওঃ, পিশুম অনিগী মরক্তা ইমি ওইনা চোংথোক্রকপবানে ইনমবু কেতুগী মচম নমলক্কদবনে। মতম অতুদা হঁ-চিরিক-হঁ কৌয়ে অসি হায়না খুরুমজো ওঃ হে-মীওইবা। সোনবদি [১৬] লক সোনজোওঃ মীবেন্না বা হাইরক্কদবনে। অসিবু নিংথৌ খাগেম্বা মনাই মুপী লৈমগ। অনিনা মনোং নোংচুম শংবা মিংথেন থাদুনা য়েংবা লাইদি মহাক্নে অদুবু উবা ঙমও। অদুবু উরবদি মহাক মশক থংলে হায়বা থ.উ অসিবু মীনা লাই ওই হায়বদি অসিনি থংউ।

লাইমিং অমদি হে-লাইনিংথৌ নহাক্না নোংলুমগুম্না সৌনা লৈবে। অকুংবা মরুস্নু নহাকনে মতোংস্নু নাইদে নথক্তা লাই ওইরে। নহাক্তা লৈবা মফমদি অহিং লুংথিল নাইদনা ভান্না লৈবনে। স্নামহি সিদবনা পিক্না ওইনা হুনজিনখরে। নহাক অতিংকোক শারে হুনজিন্নকপা নহাকপু কনানো হংলে ঐদি তিলগী মহিনি হায়না খুমলে ঔীল কনাগী মহিগে হায়না হংলে নমাদি কনানো হায়না হংবদা ভরংগী মচানি হায়না খুমলে ভরংদি কনা-নো হায়না হংবদা ইমা লৈমংেনি হায়না খুমগে নপানি কনানো সনামহিনে অহুম্মক্না তিম্নরে অহুম্নকপু লৈমরেন সিদবীনা। ভারেন্না হীলেং পুবগুম্না ভাসিন্না পুরে। পিং-হিং অথোইবা কৌরে। নমিং

হায়গে তাও ঙঃ, থরাই পানবা মুংশা হোনবা থিপকপু হুঁ-গী থোং হাংও লাইনিংথৌওঃ, চাদববু চাওঙ: শেন্তববু শেংলো লাই নহাকনা ইশা ইনাক খুলহনবনে। কৈরুংবসু নহ করে হনজবা হিদং ওইবসু নংনে পুগ্রন নোংথোল ওইবসু নংনে নমিং হায়গে হে-হে-হে-হে-হুম-হুম হুম-হে-হে-থোং-চপ-চপ- চপ-চপ - হায়ন মমিং অসি চেংনা শোল্লু। পোংয়াওদি হুপ মতোন তরেং তিংথৌ মপোপ মঙা লফোই লফাং ৪ং থোকপা [:] অমা হৈরুক কা থাওগী থাঙৈমৈ কম্বি মৈখু খুনা লাইমিং অস অহুমলক শোল্লু অথোইবা সনা ফুদোংবগুম্বা ওইবনে নশাদা লাইরবসু ইনাক খুনবা বানি চেংনা নিংউ। অস লাংলিকৈদা নোংথাং কুপ্পনে মিংশেনগী মমিগুম্বা উবনে থংউ।

লাইমিং অমদি থৌরাম্লিচাক নিংথৌ সিদবগী স্ত্রী— তিমরে মহাক্না কৌকোং ওইরে লাইনিংথৌ মহাক্না তম্বা ওইরে অমুরুক হুনগংথরে লাংয়েন তরেংমক্তা পক্লে লাইনিংথৌনা লাংলেন সিদবা ওইরে নচুদি অশাংবনে নমিংদি সনা তম্ফা য়ায়নিংথৌ কৌরে য়ায়মনিক তরংবা ঙৌয়ে রা হায়দরে মিং কুপ্তরে য়া কাদরে নথন্তবু নথন্তা নিংহ ।লৈরে। ইরাংতি সনা অহিংবনে তিংথোনে লিক্লানে পুকিং অশেংবনে অহুম্ক্লা লাংচৌও। তাইবংপান কাওবা ঙম্বনে।

লাইমিং অমদি তক-তক-করোং-করোংকৌনা থোরক্লে মিংশেনগী মমিগুম্ববু মচেং ওইনা হোইদোক্লক্লে। মুংশিং ৬৪গী মপু ওইরে। মুংশিং মহাকপু শগোল ওইনা তোংনরে ঐহাক

সনখোং অরিবা ওইনা শাবগে হায়না শারে। খোজেন ছইতো হায়না খোরক্লে, সনামহি য়ায়মবা কৌনা। লৈরে পম্ভো মফি খোয়রে মিচি খোং অহো মিহিং কৌয়ে। মাগী ইয়াথংশেংদি চেং মপুম অরেং ভিংথৌ মপোপ অরেং লা লাংতোন্দা হাপলগা নমাই চিংথৈ ওয়া অরেংলক সোল্লু। মী মহাকনা নিংজবগী মতুং ইন্না থুদম সোইদনা পিরবনে। সনামহি ফানখোংদি অসিনা লোম লবনো থাইনাগী লাইওইবা খোংঙাক কুরুমা মাইচৌনা ইরমা য়ানে। লাই তারামঙী মিংথৈনে মিংথৈ পুন্নমঙী মকোকনে ফান খোং হায়বদি ময়াগনে অহানী খোং থুংতি মখৈনি। কিন্তুপ অহুম্মক অসিবু থংলবা মীদি লাইনে হাইবা লেপ্পা থংউ লাই ওইবা অহল খোংঙাক কুরুমা মাইচৌগী য়াথংনে হে মীওইবা থংজোওঃ লোইরে।

লামাই ২ শৈরেং ১৩ দা অরাৎপা হাপচবা—য়াকাখল্লু ফুংশা চাওগনু।

অরানবা চুমথোকচবা।

| লামাই | পরেং | অর'নবা | অচুম্বা |
| --- | --- | --- | --- |
| ৪ | ১৮ | মিতা | নিতা |
| ৬ | ৬ | কৌইনা | কোইনা |
| ১১ | ১৬ | অহুক | অমুক |
| ১২ | ১ | লরে | লুরে |
| ১২ | ৬ | নরাইকা | নরাইবকা |
| ১২ | ১১ | মনিংব্ | মমিংবু |
| ১২ | ১২ | নিশা | নিংশা |
| ১২ | ১৩ | য়োৎলি | য়োংলু |
| ১২ | ১৪ | থুৎনিংথোমা | থুংনি থো-। |
| ১২ | ১৯ | য়োৎলু | য়োংলু |
| ১৬ | ১৫ | রোইবু | য়োইবু |
| ১৮ | ৫ | কুহিংজি | কুহিংজি |
| ১৯ | ৬ | হায়স্ত্ব | হায়নস্থু |